অফোংবী : **খাইদেম ওংবী গম্ভিনী দেবী**

অহানবা [illegible] আগষ্ট, ১৯৯২
কোপী মশিং : ৫০০






মমল : **লুপা ১৫/-**

নম্ফম : **ইবোয়াইমা প্রিণ্টর্স**
মোইরাংখোম লোক্লাওবুং, ইম্ফাল।

লমগী ফজবনা খুঙ্গংদা
য়ুমগী ফজবনা য়ুম্ফালদা
ৱাখলগী ফজবনা কদায়দা
হংলি, থিল্লি, নচানা

মালেম শেম্বী ইমা
নমোম্মা কচ্চরি ইমাগী খুয়াখাদা ॥

# মোত পীজরী

স্থুর অসিনা ঈশৈগী থরায় ওইবা তাররবদা থরায় অদু লৈগদৌ-রিবা হকচাংদি ময়েক ওইবা তাই। শক্তা-চুদা মীওই মীতৌ জেম্নিবদি হকচাংনি। হকচাং মীরায়ফম থোক্তে। হকচাং শাগৎপা য়াম্না লুই। ঈশৈ ময়েক ইবা অরাইবা নত্তে কলাগী থৌদাং চপ চান্না লৈরি। অকক্কনা তেল্লবা মতমগী মনুংদা পূম্বুম ভাববা রাখলগী শরূক অমা ফোওদোকপা হায়বসি ময়েকী তঙারফন্দ্রবা মচল অমা ওইনা লৈরি। খজিক্তদা য়াম্না ফোঙদোকপা হায়বসি ওস্থোক্না ফজঞবা কলানি, খুদিংমক্কা ঙম্নগদবা থবক নত্তে।

কুমারী লগুনবালাগী "ঈশৈ পরেং" ঈশৈ ময়েক ময়াম অমা য়াওবা লাইরিক্নি। মহৌশাগী নীংথিবা শীংথাবা অমদি থমোয়গী ইহুল কয়া তাংথক নাইনা শৈথাবনা শৈরাংবীসিগী পন্থুং ওইনা লৈ। তাইবং শেম্বা মপু মাগী মফমদা থাজবা থমজবগী ইথিল মমক মরক্তা য়াওরি। রিয়েলিজমগী নাক-য়েৎনা হা-রবা মতম অসিদা 'মহাক' হিংলি হায়বগী থমোয় উৎলিবসি পঙতাও তাঙদবা নত্তে। নীঙমদবা রাখলগীতা নত্তে কায়রবা থমোয়গী পাউনিংখোল-স্থু য়াওরি; তকশীগী মঙাল অমস্থু শৈরাংবীগী ময়েক্তা য়াওরি। নৌজরিবী শৈরাংবী মতমগী সমাজদগী নাম্থোক্নুনা চৎখিদে চৎপস্থু ঙমদে। নুংঙাইজদবা পামজদবা সমাজগী মচল কয়া থংফাও-খংফাও ফাওরকপশিংগী মনুংদা অমদি অউনপোংকী চৎনবীদা/লাইর অনং য়েংবীদা/মীরমগী চৎনবী ঈচেলদা/চেম্থরক্লে ময়াগী তাইবংপাল॥

(লামায় ৬) ফাগি অমদি করেম্নবগী লমলোমদসু অইবী খরা হোৎনৈ। মিনুংশিগা লোয়ননা লৌবা চুম্মী।

ঈশৈ মৈতৈরোনদা তাওনা থোক্কে; চাউথোকপা য়ানা মরাঙ কায়রি; লীলা-পালা, রেডিও, কেসেট অমদি ঈশৈ-নোংমাইগী ওইবা অথন্নবা থৌরমশিংনা লেঙজ্রবা প্রমান ওইরি। অছুবু খজিক্তা নত্তে ফনা য়াম্না নুংনাংবা য়ারিবদি নমথোক্লবা লাইব্রিক ওইনা য়াম্নমক লীক্লা উরিবসিনি। মরম কয়ামুক লৈগনি; খন্ন-নৈনবা য়াম্না কান্নগনি। থেকপদা খুৎশা লোইহ্রিবা মৈতৈরোনগী ঈশৈ মরেকী লাইব্রিকী মশীংদা কুমারী লণ্ডনবালাগী 'ঈশৈ পরেং' তপ্পা তিন-শিল্লরে। থাগৎপিফম থোকই। নৌজরিবী কলমবু থৌগৎপিবা কান্নগনি। শকপা, পাবা অমদি তাবগা ঈরোয়ননা নৈনবসু চুমগনি খল্লি।

আশা কয়া থম্লি।

ইম্ফাল

জুলাই ১৭, ১৯৯২

এলাংবম দীনমনি

# ঙ্গাহৈ অমা অনিদং

ঈশৈ পরেং হায়বা ঈশৈ লাইরিক অসি মণিপুরগী সাহিত্য লৈকোনলক্তা লৈচন অমা ওইজহনবনিংহুনা পুথোকচরি। লাইরিক অসি অকাশবানী ইম্ফালগী ঈশৈগী থৌরমদা ১, ২ শকথিবস্নু য়াওখ্রে। ঐনা অডাং ওইরিঙৈ ঈশৈ খরা পুথোকচখি। হায়রিবা ঐনা নুংশিজবা ঈশৈ ময়েকশিংহুনি। ঐনা ফোঙজরিবা, থোইদোকপা অনৌবা ঙরাংগী, ঙসিগী ময়েক হাপচিনজদ্রে। ঐগী লাইরিকসি ফোংবদা তেংবাংবিবা ওজা গুরু অমদি মণিপুর আর্টস এণ্ড কলচর-না শেলগী মতেং পীবিহুনা লাইরিক অসি ফোঙবদা অচৌবা তেংবাং পীবিবগীদমক ডিপার্টমেণ্টগী থৌবুশিংবু থাগৎচরি।

ইম্ফাল,
জুলাই ৩০, ১৯৯২

লন্দনবালা
(বালা)

# হিরম লামায়

**ঈশৈ পরেং** **লামায়**

| মশৈ পরেং | | লামায় |
|---|---|---|

**ঈশৈ পরেং** **লামায়**

# ঈশৈ পরেং

## ১

জগৎশিবু শেম্বীরিবা
তেংবানবগী মপু ও ?
পীনবিরো পাঙ্গল ননাইদা
নঙগী থৌজাল ঈরিকপু ।।

নখুয়াদা চঙজগে তোল্লবদি ননাইনা
পুন্সি লিলা য়াওনবা
শাৎলুরে তাইবং লৈকোন্দা
নংগী খুৎশেম য়েংনবা ।।

য়াওরুরে পুন্সি ঈচেল্লদা
লুফেৎ লুফেৎ পল্লেপফম খণ্ডদা
থরাই হকচাং থাইনরমদাই
নঙগী থৌজাল মরিকনা
তাইবং ঈপাক লানজগে ।।

## ২

তাইবং লিপুন ব়াংমদা
চংলসিনে মংলৈবাক্তা
লৈহাও লৈরেল হেকলুরসি
উনাগী খাংপোক শারুসি ॥

কোইনা কোইনা চত্তুনা
লৈনা লৈনা য়েংহুনা
মংলান চিঙ্গাক চাহুনা
পুক্লিং পেননা হেকলুরসি ॥

ব়ানা লেনবা পুন্সিনি
থাদোক্লসি অৱা পুন্না
য়েংলুরসি লমদমহুদা
কায়নবা কৌবা লৈবরা ॥

৩

পুনিমা থাজগী মঙালদ
থাবল্লে নঙনা শাৎপদি
থাজ মাগী শাৎপরা
মালংন লৈনম য়েননত্রা
নঙগী লৈনম তারগা
কায়রব থম্মোয়সে পুঙমদ্রে ।।

হৌখিবা রারী নিংশিংনা
মিৎলু পিরাং চেম্থরক্লে
করোম থোক্লা থেংনরুবনো
খঙনরুবনা ইরাল্লা সিবো
ঐগী ইরাললা .... ইরাললা ।।

তাংলৌ থেংলবা নুমিত্তুদা
নঙনা লিখিবা রারি কয়া
কাউঙমদেনে থম্মোইসিনা
মানজ নঙগী নকাদা
ফংলরোইকো ওইনবা .... ।।

# ৪

কাইনা রারি লিরমশিরা
পেনদবা পুক্লিং ফোংহুনা
লৈবাক্কী ফিদম ইরমসিন্না
পাঙ্গলবা ঙাক্তা খন্দুনা ।।

সাহিত্যগী নাচোম খল্লিবৈ
লৈচন শেম্বদি মঙমদা
ঙাইয়ু য়াদবা মতমনদি
হেক্ত মহৌখি থামঙমদনা ।।

ফস্কম কনলিবৈ তাইবংপানদা
মিংচৎকী উরোংদি খিনঙমদা
লৈবাক্কী রাফমস্থ খল্লমদা
হৌখি মহৌখি ইথৌদাঙদি পাংঙমদে ।।

## ৫

অচুম্বা লৈতরে তাইবং
নুংশি হৈত্রে মহৌশা
নুংগী নুংঙাইবা খনবদা
পানগী মৈদী থাংঙমদ্রে ॥

য়ানশিনবগী মতিক ময়াইনা
অফ ফত্তা শিংজু ওল্লে
ইশাগী ওইবা থৌনা লিংজেল
পুন্নমক ঙম্মা মাংহল্লে ॥

চাওখৎলকপগী মতিক
হাৎন শুনবা তোইরক্লে
ইরৈবাক লমদম লমনুংশি
কায়না মৈশা লাংলে ॥

## ৬

অউনপোৎকী চৎনবীদা
লাইর অনং য়েংবীদা
মীরমগী চৎনবী ঈচেলদা
চেন্থরক্লে মায়াগী তাইবংপাল ।।

নুংশি মশক খঙত্রবা
মীগী থম্মোইদা মীহৌহল্লে
অরং অরাক মীৎয়েংদা
য়াঙলবা মৈখু থৌবীগুম ।।

খনবা ঙম্মদ্রে কনানসু
অশেংবা লীচৎ প্সাথং নৈশাবী
রা রা লাং লম্বী খুদিং নিল্লনী
মাগীদা কার য়াওরবা
ঐগীদি করি উনলকনি ।।

## ৭

পারি ইবুংঙো নুংশিবা
নুংশি কোলোই মপারি
তাংলৌ অসে থেংজিনলক্লে
খুমলেন তুমখুন তাল্লোগবা ।।

নোংদোলদা চাওবী থাজনা
ফুইনা হৌবা নোংলক্তা
কায়না মৈশা লাংলহুনা
ইকায় ফীরুক খুমখরে ।।

অহিংদা শাৎচবী থরোনা
থাজ মঙাল ফংবদা
হরাও মীনোক তমজবগুম
পারি নংবু য়েংলিদো
পলেম ওইবী নমানস্থু ।।

## ৮

ফজৈদকো হে মহৌশা
খুৎশেম য়াওদনা নিংথিবীও
কল্লক চাওবা কনানা
নংবু তানবা ফংলোই ।।

পুকচেল তপ্লবী নোংলিক্লা
মালেম মৈচাকপু ঈংহল্লিবা
তারমদাই থাজগী মঙালস্থু
চিংখৈ ফিদুপ্পা শিনহৌই
য়েংলুবা খুদিং পুক্লিং হুই ।।

মহৌশাগী য়াওন য়াওলনা
পাগী পারেপ ফাহনলে
ফজবা মশকপু খংহল্লে
নিংথিবী ফজবী রাখলনা
থম্মোই লাইশঙ লৈতেংলে ।।

## ৯

য়েংখি য়েংখিবদা অরাৎপবু লৈত্রবী
নোংমদোল থক্কী থাজও
ওইজনিংই মাইথোং নংগুম্বী ॥

লৈচিন্না খুমলবস্থু মরক মরক
লোংলিবনি খল্লি ঐঙোন্দা কে-কু
পামজবা কয়া হাপচিন
থম্মোই ল্যায়ুমদা ॥

থাজদা চনলি অরুবা পাউথোং
খুমলমদা চৎখি তপচবী মহাক্কী
ঐস্থু থাংহোই মথংগী অহিং ফাও
লোন্না চিক্না নঙতবু ঙাইহুনা ॥

## ১০

ঈংনা চিক্লবা অহিং কয়াদা
থাজনা থোক্লমই মতোমন্তা চিক্লা
য়েংলুবা খুদিং মানস্থু য়েংলকই
ঐনা শাওবা উরগা মহাক্না খামলকই
ইংজবী মতৌদো মঙোন্দা য়াওরম্মী ।।

রাখলগী পোৎহাপ কয়াস্থু মওল মওল হাপ্লম্মী
তাইনফম খঙদা তাইনরুই মঙোম্দতা
শাওবদি ঙমদা ইথন্তা ফাথজে ।।

অস্থুক ফজত্রবা থাজসে
য়েংল য়েংলগা মাইহিংস্থু কারম্মী
অরাবা রাখলদা মানদি হেনগুমই
হয়েংগী তমহুনা হেন্নহুম পিকশিনখি
তারমদাই য়োরগা মুন্নহুম য়েংলুকঅম্মী ।।

## ১১

মিংশেন্দা তারিবা শক্তমনা
মোমোন নোকলি ঐঙোন্দা
মিংচান্নরে কপলকই
নিংঙমদবা চৈনাদা ॥

থম্মোই তাবু হাংহুনা
উবগুমনা য়েংলক্লি
কাওথ্রে হায়না থমথ্রবশিং
লংলা লংজিন পুথোক্লি ॥

থাজনা লিবা ন্নারীগুম
মখোল থোক্তা লিরকই
থাজনা হংবা ন্নাহংগুম
হেন্না পাউখোং চল্লকই ॥

# ১২

থাবলদা নত্তে হংলিবসে
থাজ নঙোন্দনি হো ....
রাখলদা নত্তে তাইনরিবসে
নংগী নফমদনি হো হো .... ।।

অহিং চুপ্পা ওইরুরে মৈরানবী
মৈশা লাংলে থম্মোইসে
নুংশি ইখৌ লাংলে
থম্মোই পিথোকলুবনা লাল্লবরা ।।

থম্মোই পুম্বা চিংশিনলে ননাক্তা
নংতগী ওইনবী মতৌনা
হায়রো পামলিবদো পিগে লাক্লবনি
মৈশা হেল্লগদি কল্লি ওইহৌনি ।।

# ১৩

নঙগী ৱাখলদা থোক্লম্মী ময়েক
থাজবু উরগা পাউদমবস্ু হৈরম্মী
ঙাইহাক ঙংদুনা শকপস্সু হৈরম্মী
কাওঙমদবা কয়া হাপচিন্দুনা ॥

থা থাগী ঈশৈ তার তারগা
কুমজা অমমমগী মশিং পারগা
কায়না লম্বীগী লমদাং শাংলকই
থোদু নুঙগুম কল্লকই থম্মোইনা ॥

নোংলৈ নুংশিংনা শাদুম নাইরবা
অকিবগী মহুৎ শিংনবা তম্লিংই
কম্না লাউদুনা লেপহনবা ঙমদৌই
অসিনি অশাওবা মহাক্কা পীরম্বা ॥

## ১৪

লাক্লে লাক্লে ইতা
ইঙা ইঙেন কুমদম্বা থা
নোংনা খিংলি খিংলি চুরনি
লৈরক খুদিং শেংলনি ॥

থানা লৈচিল্লক্তা লোৎলনি
অমংবা নোংনা খুম্ননি অতিয়া
থাবলগী মঙালবু মিহৌজবা
থম্মোই নোংইন্দো ইথৌ লাংলনি ॥

চেক্লা পোম্বী কয়ানা
সুংশি পাউখোং চল্লনি
অমংবা নোংগী মরক্তা
হায়না হুম্মা শাম্মরনী
লৈরাংগী লৈশাং তমলনি
তইং তইংলনি নিংঙোলগী থম্মোয় ॥

## ১৫

লাক্লে মেরাগী থানিন
কপলনু মেরা থাদা লাক্কে হায়রম্বা
খুথেক পাত্থনা অহিং মিৎশেন থাং
চোকথরবা থরাইনা ঙাইরকপা ॥

নঙতগী কুমওন কয়া থাংজরকপা
মপাল নাইজ্রবা নুংশি খোংচত্তা
খৌবুম থম্না থকচগে থল্লুবা
অরেম্বা তারস্ত্র কুন্দো পরেঙ ॥

অরাবৈ অহিং লোইখিনবা
নমথাক্তা তুমখুল তাললিবা
থম্মোইদদি ওমচাক্লবা মেরাগী থাবল
কান্নস্ত্রে থাবল্লে লৈনমসে ॥

## ১৬

তারমদাই থাজগুম চিক্লা খাংখিবী
থাদোকপীরম্লবী নংনদি ঐবু
মিকুপ অমতংকাও নিংশিংবীরমলোই
ব্লাখল ঐতনদি নিংশিংজহৌবনি ॥

লাকখিনি পুর্নিমা ইঙাগী নোংহৌ
নুংশি পাউখোংদি কোংলরোই
হাংহৌরবা ঐগী য়ুম লাইরবগী অরাংপা
ইফমদদি পুর্নিমাগী ফজফম খঙদে ॥

থম্মোই মাদো কৈদৌরম্লোই
নোংইল ঐনা চাকচবনি ইদোম
থাবুম অমা লাকপগী পুর্নিমা
কুমওল অমগী নুংশাবু
লকননা খিকলম্বনি নোংলিক ॥

## ১৭

লিরি মালংনা য়েৎপা
জগোই শারি লৈরাংশিংনা
ঐগী থম্মোই ইরাং লাংই
হাইনা হুমনা য়াওমিংলুরি ॥

ঈহলগী ইপোমদা কোন্সোলনা লৈরি
তুরেলগী ঈচেলদা অমুক ময়াওখি
ঐসু লৈরুম্বি রাখলগী ঈরৈদা
লেমলৈগুম ইকোলন্নুংদা ওহাক পোখ্খা ॥

মালংগী ঈপোমদা চেক্লাগী শাখপনী
লৈরাংগী মনাক্তা খোইমুগী ইরাংনি
হাইনা হুম্বনা ঐগী জগোইনি
মুরুম মুরুম শোনবনা থম্মোইগী পাওদমনি ॥

## ১৮

ইনাক্তা লাকতুনা
ইমাংদা লেপ্লরোইদবা
অন্নাবস্থু কোকহল্লরোইদবা
কৈদৌনি মুর্তিসে লাৎলুবৈ ?

মোমোন নোক্লিবা মুর্তিসে
থম্মোই পান্দবা মুর্তিনি
উবিদ্রে পীরাংবু খণ্ডবীদ্রে মৈচাকপু
মীনুংশি লৈতবা শক্তম্নি ।।

চম্না লৈজবী ঐঙোন্দা
অন্না মৈচাক হাপলয়ে
মৈশা পীররেনে মুর্তিসিনা
খুইথয়ে থম্মোই থম্বাল লৈকাসে
ঐদি অমুক খাংঙমদ্রে ।।

১৯

মতম অমদা য়াওরম্মী
মীনোক অহুদা মিন্নুংশি
মুনা য়েংলকপা মিৎয়েংদা
ময়ায় অমা য়াওরমই ॥

ঙমহনখিদ্রে ঙাকথোকপা
মীৎয়েং অহনা পুনবীখি
কয়ারক হন্না লরুখি
থরাই অসি নুংওলখি ॥

মীৎকী পীরাং পীরোইননা
কাইনবদা তারবা ঙসি
কপহনলেনে ঐহাকপু
অর্থ লৈবা মীনোকতুনা ॥

## ২০

চেক্লা নদোম শাখপ্পা
নোংমদোল থক্তা পাইরিবা
লমলানবনি খঙলে নহাক
কায়রবা থম্মোই পুদুনা
পাইরকপদি ওইরমনী ॥

তামো ঐগী য়াম্বাসে
মৈচাক অমা কোক্লবা
চেক্লা শঙ্গু তিম্মদ
নাইতোম পাইনি পাইরিবা
অরোনবা কৌনিংদবা ওইরিনি ॥

ঐস্নুনি অন্নাবা খাঙলিবা
লৈনা লৈনা পাইরম্মু
ঙাইহাক ঈপাং ওইখিসি
নংগী য়ারীস্থু স্নিরম্মু (তাহৌগে) ?
মৈচাক ঐগী কোক্লবা ॥

## ২১

খোৗরাংলকপা ৱাখলদা হে মীওইবা
তাবুন্নুংদা থমলিবা স্নাগী লিকলাংদো
থম্মোইদা খুমজিনবা য়ারকত্রে ।
মৈচাক মৈরি ৱাইরকএ ।।

অহিং খুদিং তুম্বা য়াদনা
উইশিনলবস্থু মীৎশিনা
য়াওন য়াওননা নোংঙানবা ঙাইবদা
অৱা মৈচাকনা পীরাংবু হোৗদোকই ।।

হাইদোকতা ৱাখলদা ফুম্বংনৈ খাংঙমদা
খঙহোৗদনা তাবুন্নুংগী পোৗরোল হাংলকই ।
তমথোকলুই তমনিংনা চাননবা অমদা
তমথোকপিন্নু ৱামাং য়ান
মথং মথং ৱারিদা নিললি ।।

# ২২

কিন্নেনে ইতা থুদিংমকসে
মীনম্বনি মহাকসু মীনম্বা ওইরিনি
পুবিরক্লগনু নোংহোনা মপাঙ
ইংনা চিক্লা লৈজরগে ॥

করিস্থু লৈত্রবী ঐগুম্বী
অমগীদমক্তা করম্বা শকহেনবা ১না
পুক্লিংগী অরাবা পুম্বা
শক্লক য়াবীনি থাজদে ইতা ॥

খল্লুনে অমুকতা চানবী
কোকতা শমহোবা মীনবু
অরাইবা লৈরিব্রা ইতা
থাজবা কৌবা লৈত্রে কনাবু ॥

## ২৩

কাওরগে খুননা লেপথ্রবা
খনলরোই লেপথ্রবা থম্মোইনা
হেক্ত খললম্মী ইথম্বা ঙাইরদা
কবিগী খললুরি অচিকপা অহিংদা ।।

খঙহোদে কৈদগী পিগী ইরানো
চোৎলম্মী মীংলুদা থম্মোইগী খোম্থোককুম
চিকপক চিকপক ফমলম্মী ইথম্বা
খনলম্মী খনলরোই খনথ্রবা ঙাক্তা ।।

করিনো অমদি ওইরে ইতৌসে
হংলকপা য়াওরবস্ত লোৎলি ইথম্বা
ওনথোকহনলি শকফম হোৎনবা য়াওনা
থম্মোইদদি কিশিনলি অনোবা কিশি ।।

## ২৪

নুংশিবা হৌরকপদা কাইনরে
কায়নবৈ পিন অৱাবা খাংলিবা
কনা মগুং লাংগীদমকপু ।।

কাওরব্রা অদুগৈংগী নুমিৎতো
নওনা ঐবু লকনহুনা শাওহনখিবা
ঐগী ইতৌ উরগা নোকচখিবা
লাক্লরোই নুমিৎতো অমুক ।।

অঙাং ওইরিগৈংগী মরুপলোই
নিংশিংলুরগা মমাংগৈ হৈনৌখোং
নওবু উথিজ্রবা মতুংসিদদি
অনাবা লোইরে ৱাখলসে ।।

## ২৫

পুন্সিগী নিংঙমদ ৱারীশিংসে ॥
লিরমগে অরোইবা মীকুপ্তা
পুন্নুনা চৎলগা করিবু কাননমনি ।

থাবল লৈরাংগী লৈনমলক্কা
নওগী মেংলবা মাইথোংহুদা
পেৎনা নৌমা থোইজবী মায়থোংনা
থাজ ইপাল লাংহৌথো ॥

থাইনা মৈখুলক্কা তিনজগ্রগে
পুন্সিসে লৈমন চনগ্রসন্নু
নওগী নিংবা থুংননবা
থাজ ইপাল লাংহৌথো ॥

## ২৬

হো থরাই থম্মোই লৈরাং
অতিয়াদা পাইরিবা লৈচিল মপৈগুম
কনাগী মিথা পোন্দনা
পাইনিংলে ইদোম অতিয়াদা ॥

খাইনা মৈচাক পুরিবা
কাইনবা নুংশিবা অরা মুঙাই
পুম্নমক্কী খেৎনবা লৈত্রবা মফমদুদা
পুবীরো ঐবু নোংমতম্ থরাই নঙনা ॥

কাউওমদ্রবা মাগী শক্তমবু
কাউথিনবা হোৎনরগে থরাইনা
পোথাফম খংদ্রবা রাথলসিনা
চৎলগে খল্লক্লে য়াম্না লাপ্না ॥

# ২৭

অসিরা নুংশিবা হায়বদো
শাংলা মতমসিদা ঙায়জরকপা
মিকুপ অমফাও নানথোকহন্দনা
কাউথ্রবোই মতমগী চৎনবীদা ।।

কনমল্লি নিঙোনগী থম্মোই
ঙম্নমক কাওগ্রে নুংশিবা (নফমদা)
কৃষ্ণ জর্ম্ম মুমিৎতা লৌকোয় পাৎতা
থরো থমচেৎ চামিননা হিরুবাক্তা ফম
মোইবুঙ পরেং হুকপীখিবা ঙকশমদা ।।

নিঙখাইরনি লুতুংগী শম্বুল
কেম্নগনি রাকচিংগী গুলাপ
নুংশি য়ুম্ফম অমা শামিননখিবা
হুমগ্রে অকনবা শউমদা
মিনম্বনি (থল্লগা ঐবুতবু) ইরাল শিবীরমলে ।।

## ২৮

ঐগী অশাগী রাংমন্না লৈত্রবী
ঙসিদগী পীরগে অয়োইবা বিদায় নঙোন্দা
কনাদস্মু হায়রমলোই
কনাদস্মু তাকথোক্লোই ।।

চাক্লবা থম্মোইগী মৈরিস্মু
শিস্থরিবা মিংলুগী পিরাংস্মু
নঙগীদমক্তনি থঙ্কো
নথোই অনিগী য়াক্লকনবত্তা
ওক্লুকো চানমবী ।।

কদোমদগী অকমবা মোংলৈদা
হুমদোকপিখিবনা ঐবু
নোংথাং ওইনা ঙানবীরক্না ইনাক্তা
রাখলশিনা খনজবত্তা ঙাইরেক্কো
চানমবী, চানমবী ।।

## ২৯

নুংশা থিজ্জে চৎনবী কায়গনি
ঐগী লৈকোনগী লৈন্নাংলকসিদা
মীগী মীনোক চঙথিনি
কল্লক মথোই কাথিনি ।।

থনমন্দনা ওইজ নুংশি থাগোক্লে
থম্মোই ৱাখল য়েক্না ওইরে
কাওসিখল নিংশিংবা চামনি
নিংঙোলগী লোৎনা লকান্নুংদা ।।

শাবী শানৌ পাউখোং থাবল
অঙৌংবা থাবল্লে লৈনম মিহোৎজদে
অচিকপা ৱাখল কল্লককচৈ
কল্লক চাওবা তাইবংসিদা ।।

## ৩০

য়াওজররোই খল্লুবা নুংশিবা
মহৌশানা পুক্লিং লাংহল্লি
মতমগী ঈচেলদা পুরকপা
নাথৈফম লৈতা মহৌশাগী ইনোৎনা
উরুবা খুদিং ইফদা ফজে ।।

নিংখাইগদৌরে তোর্ব্বান
রাখলগী ঈথক ঈরৈনা ঙসি
পামজরুবা মহাক্লা ইনশিনবীরে
কায়না খায়নবৈ লাঙ্গাওদা ।।

কায়নবগী অহিংনা শাংলিবা
নুংঙাইবগী মিকুপতি অমত্তা
নঙনা তম্বিরম্বা নুংশিবা
থাদোক্লগে খম্না মহৌশানা
পুনশিনলি চেজেৎনা ঐবু ।।

# ৩১

নুংঙাইরকখিনি ঐহাক নোংমদি খল্লিবৈ
লাংজরিবৈ খেজরিবৈ
ফংখিবনি মৈচাক
পুন্সিস অরাবতা ওইশিনলক্লে মমশিনলক্লে ॥

পলেপফম খঙজ্রবা থম্মোই লকাদা
য়েররি খোঙ্থাং অমনস্মু
রারবা ঐবু কৌরম্লুনা
তামথ্রবী মাগী শক্তমম্লুনা ॥

মৈরিগী নোংথাঙ কুপ্লরি তত্তনা
অঙাওবা নোংলৈ অমনস্মু
করম্বা মুংশিংনো করি পাওবু
তমলনি রাখলগী অহিংসিদা ॥

## ৩২

ম্নুংশি চাওবা তাইবংদা
কল্লক মৈশা খাংহুনা
নওতগী লেঙ্গুরকপা
অসি ওইরেকো নিপাগী পুকচেল ।।

থম্মোই মৈকা হৌবদি
তাংগোই তারে দেহা (হকচাং)
ম্নুংশি তিন্না চীকপদি
য়েংবিনবা মাইবা লৈত্রে ।।

হা থম্মোই চেক্লা
পাইখিগনু লমদম তান্না
থরাই অসি থাদোকওরা
নম্নুংলাংগী লৈবাক রাথোক ওইনবা ।।

# ৩৩

মীনুংশি লৈত্রবা তাইবঙদা
করিগী শাৎলুবা লৈ ওইনা
কেনখ্রেদো লৈরাং মদোম
পোমমুইদা ব্রাথোকচাওবী ওইনবা ।।

লৈরাংগী লৈনমনা মুংশিরকপদা
লৈমন চনখ্রে পৎ-পুমম্বুনা
থদৎ নৈহৎপীরম্লবা তুংদা
শাহিং চাবা খুৎপুদো থংঙমখিদ্রে ।।

লাইবক থিবী মপোকনি নঙগী মপোক
অমম্বগী থায়াত্তা চঙপ্রবী
পলেম পনথোগী উপাই ফঙদ্রবী
মপোক অমদদি য়াইফবা ওইয়ুকো ।।

# ৩৪

কাওখিবা য়াই ঐঙ্গী (নংগী) রাইহুন্দি
লৈহৌরগনি নুংশিবা মমীথুদি
ইথুংমক্না নম্বীখিবা শমক্র
মুৎপা মায়েঁদনা নঙগী মায়থোংদা ।।

কয়াম কুইনা রাইমখিনি ঐবু
মমলবা পুন্সি লম্বীসিদা
নঙগী নঙালদা ছিংজগে
মুংচগে মতমমতুদা থম্মোই মৈচাক ।।

তামলা তাঁমগা হৈনা নিংশিংজী
নুংশিবী নঙগী শক্তম
লোৎচবা থম্মোই হুনা
য়েংজৈ লোনমনা মখিসিদা
করম্বা মতমদা উনবা ফঙগবা ।।

## ৩৫

থকলা থকলগা নিংশিংলকই
ঙাওরা ঙাওরগা হেক্সী মৈচাক
নিংশিংগনু য়াদে মহৌশাগী মীনোক্কো
মমল য়াওদে থন্না হৃদয়োল্লমবা ।।

চাকহৃনলুনে থম্মোইসে
মৈরি থোকপমথে নঙগী
খাংজগে অরাবসে সুপালচা থোকনা
ঐগী মরুপ্তি লিক্লিপিজি ।।

ভাবনা শাবা মুর্ত্তি নঙোন্দা
ঐনা ঙাওবসে ঙাওই
অম্বুক রাবা কায়নক সুংশিন
নঙনা মৈরক্তা হৃদয়মলেপো ।।

## ৩৬

য়েংঙোই য়েংঙোই ইতা
মাংদা লাকলিবা অসে
কনা মাল্লি হায়য়ু
য়েংঙোই য়েংঙোই ইতা ।।

নুংশিগী মপাউ পুরকপা
পামুগী মপাউ তমজরৈ
মতম কুইনা নিংজরম্বা
মতম কুইনা লাৎচরম্বা
ঙসিদি লেপলরে নমাংদা ।।

মাগী নুংশি মৈচাকতা
হুগী তেননা পাল্লবদা
ওননা থোইনা লৈমাইদা
খাংলিবা হকচাং ঙসিদি
কোকলনি মৈশাদো লাকলেদনা ।।

# ৩৭

নুপী ঃ মতমগী খোইমু খ্যাংজেংবা
নুজাগী লৈহীতবু মিঙ্গোরা ভুংলনু ।
নিপা ঃ মতমগী লৈরাং শুকহেনবী
নওগুম্বী থম্মোই উঙ্কন্নি ।।

নুপী ঃ নুংশিব তম্বীব লাকপন্নি
নুংশি মশক হান্না উৎলম্মখো ।
নিপা ঃ কালগী ছাত্রী অফাওবী
করি হায়না খুম্মুগে ।।

নুপী ঃ মীনা মপাঙ্গ ফরিঙৈ
লৈগী লৈহিন রাৎত্রিঙৈ পোংজখিগে
লৈহি প্যাম্বা খোইমুও···
নিপা ঃ মতমগী ঈচেল অকাবদ
মায়থিগ্রে চাওরব নিংথৌরেল কয়া
নহাকতুম্বী থোৎলবী লৈবাংদি লাইরদনা ।।

অপুনবা ঃ পোংখো পোংহৌখো ননিং তম্না ।।

## ৩৮

নিপা : নৈনারক্তা লোৎলিবী নঙবু কনানো
নুপী : ইকাইথিবী লৈরাংগী মপোক্নী
নিপা : ননিং তম্না শাৎলু ঐনা শংলিদৈদা
নুপী : কিজৈ কিজৈ লৌনম তৌবা চিঙ্খান রাহৈ ॥

নিপা : করিগী পাখৎলি পাখৎচাওবী
নুপী : করিগী পাখৎলোই পাখৎচাওবা
নমথাক ওক্লে চিরোল মীনম রাহৈ
নিপা : নক্তে নক্তে ঐদি লৌনম্বা
য়ুরেমজম খম্বনি থম্বা ॥

নুপী : খিজরে ওকচরে কোইজোম্বা
মিতা তৌবিরে ঐঙোন্দা
নিপা : মিতা হৈবদি থোম্নৌবী
চিনদা-পাওদা হৈবী নোংথাংলৈমা
নুপী : লৌনম তৌহনা নুপীবু
লাংথাকলনু হল্লো হল্লো ॥

## ৩৯

নিপা : ঐসিবু ঐগী ওইদ্রবদি
নঙসিবু ঐগী নৎতরা
হো হায়য়ো হাথয়োমই

নুপী : হেরা নঙসিমা মাতোইনরা
হয়েংগীসু খরা খাকওমই

নিপা : অচাপোত্তি হয়েংগী খাকপা য়াই
নুংশিবদি ঙসি পুনলপ নুংশিথোকওমই।

নুপী : অস হে অঙাওবা তুং ইল্লকনু
য়ুবু ঙাওব্রা কৈনো, ফোরবু চাব্রা কৈনো
ঐগী লম্বী থাদোকওসে।

নিপা : য়ু থক্কে, গঞ্জা, ফোর থক্কে
জুৱার, লোটরি টিকেৎতা ঙাওই
লোটরি ফাওরগা নুঙাইনা থম্বীগে ॥

## ৪০

নিপা + নুপী ঃ অহিংগী থাবলদা ঙাইরম্বগে ঐনা
অহিংগী থাবলদা ঙাইরম্মু ঐবু
নাপ্পদা নাচোন থেৎপিয়ু নঙনা
নাপ্পদা নাচোম থেৎলগে ঐনা ॥

নিপা + নুপী ঃ থম্মোইদা নোকপা মিনোক্না
অরেম্বদি তাহনগনু ঐবু ॥

নুপী ঃ শাগৎলকপা ঐগী জগোয়গী খুৎথেক্তা
তুংইনবীয়ুনে নঙনা ।

নিপা ঃ পুন্সিগী মৈচাকম্বে কোকহনবীয়ু
মুঙ্গাগী নৌরবা খুৎনা ॥

নিপা + নুপী ঃ থরাম্মিচাক্কী চিংলেম্বা মতৌগুম
লেমজনিংই অরেপ্পা ওইনা
নহাক্না ঐগী পুনসি লম্বীদা
লমজিংবীবা ১ ওইনা লমজিংবীয়ু ঐবু॥

# ৪১

নিপা ঃ ঐসিবু নওগী ওইবা য়ারোইজ্রা
নুপী ঃ চৎ লৌরককী ভাক্রা মানবা
নতিক নগুণ কন্নাম লৈহনা

নিপা ঃ হায়রো হায়নিংবখৈ হায়রো
কৈন্যা, খোইবী পাম্মুবী;
থম্মোইগী থাদোই নুংশিবী ।।

নুপী ঃ হো অপংবা করম্বা চাগা চাবা
লাইনা শেম্বনো নওবু
করি থবক তৌরিবা
করি গাড়ি তোংলিবা ।।

নিপা ঃ সাহেপনি সাহেপ তাইপুনবা
নুপী ঃ হায়স্লু হায়মী তশেংনা চুমলব্রা
নিপা ঃ চুম্মে লুহোংবা নুমিত্তা
সাহেপ মানবা চৌক্রি অমদা
ফমলগে
নুপী ঃ চৎ ··· ··· ।।

## ৪২

নুংশিগী অমৃতা থকলুরে ঐদি
কাওবা ওন্নরোই থম্মোইসে
নুংশিবা মওসে ওকইকো ।।

হংনিংঙৈ নখোয়দা রাহং
কঁয়া কয়া অমা
অপেনবা নাইত্রবা থম্মোইনা
ফাজিনসিগে করম্মা ঙাওরবা থম্মোইসিবু
চৎলুরন্নু মাগী নাক্তা ।।

ময়াই কল্লবা পোৎসে
করম্মা থাদোক্লসিগে থম্মোইসিনা
থক্লা থক্লা খৌরাংঙি
ঙাওহল্লি ঐগী থম্মোইবু
পেনবা নায়দনা ।।

## ৪৩

নঙ ঐ উনখিবা মক্ষমসো অম্ভুতে
হৌহৌই নেম নেম
থুংনা লাম্বা ফংবা উচাল পাম্বী
লৈনা লৈমা পাঙহৌই উচেকশিংমা তুমা তুমা ।।

উরেপ ফারে উচাল পাম্বী
উচাল মনাক্তা উখোঙদা থল্লে
থাজনা মপুং কয়ারক ফাহ্না
চহি চহি কয়ারক হৌখ্রে ।।

তারমদাই নুমিৎমা কয়ারক লান্নখ্রে
নিংথম কালেন খাইদোক খাইদোক্লা ।।

য়েন্নিংথা লাক্লুনা পুঙশিল্লক্লি উচালদি
থম্মোই লৈয়োমদি কংশিল্লক্লি (মনাস্থ)
থম্মোই চেক্লা মহাক্লা পাইরক্লুবদা
উচেক অমতস্থ পাইরক্লে ঙসিদি ।।

## ৪৪

চিংলোনলক্কী মালংবা
নিঙোলগী নাক্তা হুমলো লাও
মুজা ঈপাওচেনগে লাউ
পুখো লোইবী লান্দুনবু ।।

ফুইনা হৌবা নোংগুম্না
লাংতক্করিবা রাখলসে
তমগে অমত্তা খাক্তনা
ফিগাও চোন্না পুখো লাও ।।

চেক্লাগুম্না ইশাপান
পোম্বীগুম্না কোইনা পাই
ঙমজদরে অদুস্থু
মীওইপোক্তা পোকপনা ।।

মপাও তাদা নুংবঙনা
নাপ অনি হাঙহৌরে
শক্তম উদা নুংশুক্না
মীৎয়েং মমি শামহৌরে ।।

## ৪৫

নিংবা কাইবৈ ঈশৈ শকুনা
ছীবু ঙাইরি পুন্সি তোর্বান্দা ॥

লাইরা মপোক নোংদম থিরবা
কায়না খাইনা শরুক্তা ওইরবা
ঐনা থিরুই অশুক কুইরবা
কৈদা লৈবা ঐগী অপেনবা ॥

ঐছাক ছৌজিক মতম লোইরক্লে
ছনবা তারে অসোম ৱাংমদা
ৱারোল সুদা ঐগী ইৱাহৈ
শৈহেক সুদা ঐগী মীকপখোল ॥

খঙদে থম্মোই পান্দ মীয়াম্না
সুর য়াওদ শৈরোললি হায়ৱি
মফম অসি পুক্নিং খোঙ্গদাক্লে
ছনবা তারে অসোম ৱাংমদা ॥

## ৪৬

মতমগী ঈচেলদা লুপখিনি
ফোংঙমদ্রবা রাখলগী আশা
চিংলোন অমদগী চিংলোন অমদা
নহাক্না লেপতুনা য়েংহৌনি
নিংশিংবা পুন্বা অরেম্বা তারে
(সংসারসিদগী হনগ্রগনি ।।

নোংমা নোংমা হৌখিবনা
পুন্সিগী শৈরোই মমশিনলক্লে
চৎনা চৎনা রারী কয়া
ফুংবংননা লৈহৌরে
সংসার রাংমদা চৎখ্রবা তুংদা
থরাইনা চাক্না খাঙহৌনি ।।

শিন্থবা পিনা করিগী লেপলী
অরাবা মৈচাক থাংনা
পুন্সিগী রারীনা কদোমদা
কাওবা লৈতনা থম্মোইসিনা
শোম্থাংননা লৈহৌরনি ।।

# ৪৭

লমদম তাম্মা লৈহৌরবী
য়ুমগী নুপী-ইচা কমদৌরিনি
ঈংবা থা নিংথমথা লাক্লে
লাইর অনং খাইরনি
খুৎশুমল খজিক্কুংসিনা
করি সিল্লুনি ॥

মতমগী ইঞ্চাং সরেং ঙারেল
হরাইমতোন য়োংচাক শিংজু
জৌ জৌ ঙৌরনি
চাকখুম খুদিং ঈনাক খুনলনি
মনিং ময়া হঙ্গাম মপালনা শল্লনি ॥

মালংদা তাম্বা শৈশক্লা
শাবি শানৌ খুলংলানি
ফৌনাগী জগোই উবদা
তুরোই ঙমলোই চৎপা অহলদো
খ্বাংচেৎলাক লৌবুক মায়কৈ তমলনি ॥

## ৫৮

হো মরুপ পান হুকাঙ্গী মরুপ
সেন্দোংমা কয়াম তোংলিবা
মোমোম্তা নোকঈ ঈশৈদা ঙংঈ
থেংনা শেল তাল্লিদা
রাহৈ—(মতম ফত্তে হল্লো)

রাহৈ—(কাদা করি ময়াই হাপ্লিবা)

মতমসে মৌনা লৈশাবী শারে
নুপী লৈবনা পাখং শারে
শেল তাল্লিডৈ মৌনহা থেংনজনি
স্নাগা-লুপাগা, পোন্দ্রিগা-পোন্দ্রগা
নিংশিংউ হায়নবা লৈ মনলুনু ?

হায়নখরে থুম্না হৌইদা
ক্না নত্তবা করম্বা মথেল
পাখংনা শঙ্গু শঙ্গু
গঙ্গা কানি য়াওবরা ... হা
মিচং মীথোক কৈদা পান হুকান ।।

# ৪৯

থানিলদি কদাই ঙসিগী অহিং
অমংবা নোংনা খুমজিনগ্রে অতিয়া
লাক্লরোই খঙনা ঙায়বা তারবা
থোকখ্রবা.থৌদোকশিং খল্লুবনা করিগী ॥

অমম্বা অহিংগুম মমখ্রবা মহাকপু
মাতাং হৈবনি হাইবনদি তোংজখিগদ্রা
চিংলোন লান্না পাইখ্রবা
চেক্লাগুম্বা মঙোন্দা শাখপ তোইরকখো
কৌবনা কান্নখিগদ্রা করিগী ॥

লমন খুন্নবা তেমশিংগে লেপনি
পোলোয় অমতং তানশিরা
ঙমদবা থোক্লবা ঙসিস্থু হয়েংস্থু
হেন্না রাজগে লাংঙ্বা ইরাল ওইরদ্রা ? ॥

## ৫০

নুংশিবা হায়বঙ্গিনি করিনো
খংলবদি খুল্লু নখোয়না.
থম্মোয়গীরা. থাম্নোকপগীকা, কথোকপগীরা ॥

কায়নবনা নুংশিবগী মপুংনি
কনা অমনা ফোংলি
মফম মক্তমগী মিশক মিয়াই য়েঙবদা
নুংশিবা মাংখরে ॥

পাউখুম ফংজবা ঐগী রাহংদা
হায়নিংঙী নুংশিবা লৈতবদি নৎতে
লোৎখ্রবনি মহাক্তো, মীনকা মরক্তগী ॥

৫১

কনাবু ভাইদবা লাংতক্লনা
তোর্ব্বানগী নাপীথক্তা
চোরুক শম্লাং শম্বুল থোক্লিবা
কনাগী অরাকবু খাঙলিবা ॥

লৈচিলনা মমহল্লবা অভিক্কা
রাহুনা উল্লবা থাক্রগুম
ফজরবী মায়থোংদা মকশিল্লে
পিনা পুমচোং-চোংলবা খজাক
করম্মা থম্মোই কায়খিবৈ পিনো ॥

অমথিরবা মাক্লেমগী মৈশা অমা লাংলব্রা ?
কায়না মৈচাক পুরিবা
খল্লুগন্ধু রাথলা ভৌরুগন্ধু আশা
নওতা নত্তে কায়না মৈশা লাংলিবা ॥

## ৫২

খোঙ নঙনা পুন্নিবমখৈ
চৎপা তারে ঐহাক্কী
কায়নঋবী মাবু নিংশিঙলূবনা
তত্তনা ওৎলিবা পুক্নীংগী পেন্নবা ॥

হুন্দোক্লসি কদায় হুংগী নুংশিবা
ইনবা তারে থম্মোইগী পেন্নবা
অম্নুম্মা অম্নুম লেনবা তারে
কদায়দনো ঐগী পোলোয়দী ॥

কায়নবৈ লৈচীলনা কুপ্পবা
থাজবা পুম্বা মাঙহল্লম্নবা মালেমদা
পুন্সিগী মহাওদী ঈশৈনী
মহুমক্কন্থু থম্মোইনা পেল্লক্র ? ॥

# ৫৩

লাকসনু ব্লাকচিং লমতাগী য়াওশঙ
শাৎসনু শজিবুগী গুলাপ
লেপ্পুনা চুসনু হ্রঙাগী নোং
শকখিনী ঐদি ঈশৈ মাবু নিংশিংনা ॥

থাবলগী অহিং পোৎথাদ্রব থাজ
ঐহাকসু কায়নখ্রবা নুংশিবৈ মৈনা
পোৎথাব ঙমদ্রবা থম্মোইনি
মতম্না পোরক্রুবা ঐগী নুংশিবা
মাতবু ঙাইহৌই হায়না তাকপিরম্মু ॥

লৈখোক্তা লৈরাংনা পোংজবা
খোইমুনা ঙংলদ্রগদি ফজবৈ
মগুণ ব্লাৎপা মহৌশানি
লৈরাংসু শাৎখে খোইমুগীদমক
থাজ নঙসু থাবল লাংখো
শাবী শানৌগীদদক ॥

## ৫৪

রাহৈ—মতমসিগী শাবী শানৌগী
নুংশিবা মমল য়াওদ্রে
লাইবক থিরেদা নুংশিবা ।।

ঈশৈ—চহি তরা অনৌবগী রাগদা
নুংঙায়খিবনা কাওথোকখ্রবস্তু
ওল্লকপা চহিদদি নিংশিংবিরকউ
মতমত্থুদা থম্মোইগী মৈচাক
তাক্লবা নাইদনা খংলগনি নঙনা ।।

নুংশিবা করিনো হায়বা
নুংশিবা নঙোন্দা করম্বা
লমননো খুমগদৌরিবা ঐনা
কায়নবা অমা লৈ খঙনা
চৎলুবনি লম্বীসিদা ।।

হায়নখিদবা নত্তে নঙ ঐ
পম্থুংত্থুদদি য়ৌমিল্লসি;
রাশকমিল্লখিব ঙম্লমক কাওখ্রে
অনৌবা অমগী খুদোল পোৎনা
মাংদা থমখিবনা, উপায় লৈররোই ।।

রাহৈ—থুংনবা ঙাক্তনা নুংশিনবগী
পম্থুং নত্তে, কায়নবস্থু
নুংশি ঈপাক্তা য়াওরি ।।

## ৫৫

শিখিনি ঐদী নোংমা
হিংহৌখিনি ঐগী ঈশৈদি
অসিনি নুংঙাইরিবা ঈশৈগী রাগদা
মালংদা তাম্বা ওইহৌদা ।।

হে মীওইবা থাবলগী ইপোম
হরাও-কুমহৈ ইথক ঈরৈদা ঙাওনরি
ঐদি কপনীংঙি, লাইরা মিৎতাংবা মাবু
পুর্নিমাগী নুংঙায়বা, ফংলিজরে খনবদা ।।

ঐগী ঈশৈ তারগা থাগৎপিনু
কপপীরককনু ঐনা শিরগা
হিংলিঙৈ তান্নসি অরৈ-লৈতা
চামিন্নসি চাকলুক অমত্তদা
জাত-বিজাৎ খায়রুরনু ।।

## ৫৬

থাবল নঙনা অহিংসিদা থোক্লগা
পুক্নিংবু করিগী থোইরাংলিবা
হৌথ্রবা থৌদোক নিংশিঙহুনা
মীগী ওইথ্রবী মাবু কল্লকহল্লিবা ।।

মাগী মরান করি লৈহুনা
অহিংসিনা ঐবু তুমহললোইদৌরিবা
অরোনবা মপাওবু হৌদোক্লুনা
হকচিক লাংলুবা মৈচাক তাইনরে ।।

রাহৈ—"নিংশিঙঙু নুমিত্তো" ইচিক হুল্লবা অহিং

পুথ্রি মপাল চিগোংলৈ মখোংদা
থুম্লম্বা মায়থোঙ ফিবু হায়দোক্লুনা (থাবলদা)
ওল্লকপা কুমওন অমগী য়াওশঙদা
লৈপুন ওইমিন্নসি রাশক্লখিবা
নিংশিংহল্লকইবা ঙসিগী অহিংসিনা ।।

৫৭

রাহৈ ঃ নুমগ ঐবু কল্লোক্তে খাবী মৈহৌরে
পাম্বৈমা পুক্কিং নুঙোললা থাসিনা ॥

লোৎনা লৈবা থম্মোইচুংদা
কলাপকা অমর্ নুংশিকরনা
অহিং-নুংথিল শিন্থরক্লিবা পীনা
পান্মু মাঅদ্দি খঙবীমল্লোইদো ॥

চৎথরে সরত ঋতু, লাঁক্লে বসন্ত
কাইরেমগী নুংশিৎ নামিবনা
হুম্মরনি মিঙোল ইনাক্তা
য়ুমথোক খুক্কিং থেংনানি মাকথেঙ
অবেরনা লৈরক খুদিং চাইরনি
নিল্লনি হোন্নিখোল ঈপৈনা ॥

শজিবু ময়ুম পাংলকপা থা
পাৎমাই থুংনা শাংলক্লনি
ইতা কোম্বীমৈ, কুম্মদৈ
হাপকনি হৈপা লৈছাগা (চৈরাওবগী)
লাইবক ফৈদা ইতা-ও লৈনুংশি ॥

রাহৈ ঃ কায়দোংকম খঙদ চিন্নদ লৈ ওইরে ঐদি ॥

## ৫৮

ইঙা ইঙেন কুমদম্বা থা
য়াঙ্গংলবী তুরেলনা নোকচ থা
কালেন মৈশ্না মায়োক্লবদা
লৈরাংনা লৈখোক্তা পংথবা থা ॥

চাম্নথরো জম জম
অমঙবা নোংগী অকিবা খোম্থাং
লোয়থ্রগা লৌমীগী লৌবুক্তা
অশঙবা ফৌনাগী
মালঙ জগোর শানবা ॥

ঙ্হি ক্রয়া শেমজিদ্রবা খাঙপোক
নিংথৌরেলশিংগী শঙ্গায়
লোংনা তপ-তপ য়ুরিরা
শেংদোক্লসি ইঙাগী নোং
শকয়েং মুংশেল ওইনবা ॥

## ৫৯

নিংশিং থাউমৈনা মুত্তনা ভাল্লি
লাঙ্গুদ্রবা থম্মোইবু মৈচাক্ক পিরম্বনা
কন্নিগী পামলুবনো নুংশিবা ,
কায়না মৈশা লাংগনি থঙনা ॥

লৌনম্বা মীনোক্তো লোম্না
উরুগনু য়াদে ঐগী মীৎসিনা
স্থুর মাঙথ্রবা নঙগী ঈশৈনা
তুমহন্দরে ঐহাক্পু মীকুপ অমা ॥

কামগী তেন্না পাল্লবা ঐ
অকিবা ফংলে অহিং নুংথিল
ভমথিরবা লৈনাগী অরাবা হকচাংদা
য়েক্লবা ওইরে ভসিদি নঙগী মীনোক্তো

৬৩

ইরল্লোই ঐদী ঈশৈ
ঈশৈগী মহাও মাংথরে
হিঙনবগী লান্নকমজিন্দা
শেল তান্নবা মাঙ্গে বাক্কনদা ॥

কলাগী শুরাহ্ন ঙাকওমদা
নমথাক্লা মিংচৎ তাজিবা
অথেনপোৎম্মা খোংজিন্দা থারগা
সুরবু ঈশেরাওবা ঊরগা
লৈজবা ঈথিল মাংখিগদৌরে ॥

তাংথক লাইরুরা ঈপ্রাক্লা
লোকনগী মায়োল্লা লুপোয় শাকিবা
মোংক্লাদরা মিৎপাংনা
ওইজবা করি থিবা
নশাগী পন্থ ঙমবদা ॥

